# মতমগী হোঙ্গথাং

১৭শুব চহি • ২১ শুব মশীং • ওক্তোবর/নবেম্বর '৭৬

ইউনিভর্সেল লিতরেরী এসোসিএসন, মনিপুর ● মমল লুপা ২/-







# ইউনিভর্সেল লিতরেরি এসোসিয়েসন

রেজিঃ নম্বর ৪৩৪/৬৪ গী

# মতম্‌গী খোঙথাং

থা ৩ গী মৈতৈলোনগী চেফোঙ

শঙলেন—খুরাই লম্বোং কেথেল

৭ শুবা চহা  ২১ শুবা শমীং  ওক্তোবর/নবেম্বর—১৯৭৬




## চেফোংগী অসংদা



—খঙহন্নবা—

চেফোংসিগী রারেং শৈরেংবু মপুম নত্রগা মচেৎ ওইনা সিন্দোক্লবা ফোঙবীগে হায়রবদি অবেংবদগী অহৈ রাখং লৌবীগদবনি।

—নিঙসিংজব—

চেফোংসিগী রারেং-শৈরেংশিংগী অফ-ফত্তগী মরমদা পাবীরিবশিংনা চিঠি থাবীরকউ।

—বাফম অমতং—

- কোপী ১ গী মমল লুপা ২·০০ থক্তনি।
- চহিগী ওইনা কোপী ৪ গী মমল লুপা ৮·০০ থক্তনি।
- মথুম লেপ—অঙাংবা লৈই : মৈতৈ তাব মফম তাকপ
- নম্ফম—খোংনাংথাবা প্রেস, লম্বোং কৈথেল

# —পুরারিদ অচুম্ব মিৎয়েং—

লমদম অসিদ শৈরিবা মাইচো কয়ান লমদম অসিগী পুরারীবু চেক্লোং কয়াদ, মীওম কয়াদ অমত্তুং খক নৈনবগী মীতিন কয়'দ চেরোল কয়া পাওোকপীহুন নৈনবীরি। পাক্ক হয়ুব তারবদ লম অসিগী মীপুম খুদিংমক মশা'গী হৌরকফম, চৎনবী, থাজনবী অমত্তুং পখী পুরাগী ওইব পুরারীবু মশক খঙনবা লাক্লরকলি। মতাং অসিদ লমদম অসিগী লৈঙাক মপুনম্ব হিরম অসিদ পুকনিং থৌগৎপীরি। শেলগী ভেংবাং কয়া পীবিরি। অসিগুম্ব খুদোং চাবব মতম অসিদ ঐখোয়গী লাইরিক লাইওু নিংথিন হৈবীরব মাইচৌসিংদ তায়তনিঙবদিঃ লমদমসিগী পুরারী নৈনবীব মতমদ মাঙদ পান্দম অম থম্লগ পান্দম অহু য়োনবগীদমক্ত ঐখোয়গী কৌপ্রন চহি চা কয়াগী মতমগী নৈরোল চনপ্রব পুরারীবু শেমদোকপীগে খদ্বীগম্ু। তুংদ লাকদব মীরোল বয়াবু উৎ চাইব য়ানবগীদমক্ত ইরম্ব মমাঙতৈগী লাইরিক লাইস্তসিং য়াওরবস্তু অহু নংথাক্তী লাংরিনশিংনি হায়ব অহুম হায়বীয়ু। হৌখিব মীরোলগী মাইচো খরন ঐখোয়বু নমথাক তৌবিরম্নবস্ত ঐখোয়দি তুংগী মীরোলশিংবু নমথাক তৌরগুমসি। অরাম্বা লাইরিক কয়াদ যুমকম ওইব নক্রগ মাঙদ থমলিব পান্দম য়োনবগীদমক্ত বাহস্লোক পীবদি চশানা ইশাবু নমথাক তৌডবনি। চাওখৎপ কাওলুপক মরী থম্নবগীদমক্ত মওগী পুরারী শাগৎপ চুমদে। মীগী মমা মডবীন। ইমা ওইব য়াদে হায়ব মৈতৈ পাউরোল্ল কাউথোককুমসি। হৌখিব পুরারীদ কত্তব অসোইব কয়া লৈরম অহু হৌজিকী মীরোলিন চুমথোকসি। মধুদি নত্তহুন তুংগী মীরোলবু নংথাক তৌরবদি তুংদ লাকপ হেম থিজিম কাংলুপ্র মাইচৌ কয়াগী লাইরিক কয়াবু থওইনরত্তহুন, লাইরিকী ১১ল চেগী অকুম্বন ওইরক্তুন, পোৎয়োনকমদ ডারি থুম তম্বরকপ য়াই। হৌজিকী মাইচো কয়া তুংগী মীরোলগী য়েক্লব ওইরকপ য়াই। মিংথোলগ লোইনরব মথোয়গী বামী বাথোঙ কয়া তুকচব মিৎয়েংন য়েঙ্গুন পুরারীগী লামায়দগী শেৎতোকখিব য়াই। মরম অসিন পুরারীদ অচুম্ব মিৎ-য়েংল য়েংসি। পুরারী নৈনহুন হৌজিকী খুম্নাইগী অসোইব চুমথোকপন পম্মুং ওইসি, পম্মুং অমা য়োনবগীদমক্ত পুরারী শেমদোকহুসি। বাক্ক কাক বাথোংন বাহোং, অমন অমগী মতু থেৎচিনবদি মতমগী য়ারেল মথাদ অরাব অমত্তুং ইকাইব নংলব য়াই।

সাইরেম নীলবীর

## মপাং চেক্লোংদা—

- (১) ট্রান্সিস্টর রেডিও রিসিভরগী মরমদা— দবলিউ মোহেন্দ্রো
- (২) ঐ অনিরক লুহোংলরোই— দোয়েন্দ্র য়োম

পুথা তৈথোকপীরগী মাগী মিগী মচি অমনা। অদুগা ইন্দ্রগা হায়রম্মী— কৈঙ্গ থোইনা শোকপা নত্তে ঐ থর থোকপগুনি মমথিবা তারবদি দুংঙাইহয়রোই ইবুংঙোদি মৌরো, সিদি ঐনা থোকপা তোহোরগে— অদুদি ঐ চৎলগে থুর। সে মপাদা থর পীথিবু অঙাংশিংগী হিদাক লাংথক লৈনবা তোমানা মদু লৌ য়ারমদে। মানা পীরবদি য়াররোই থঙলদুনা মখোয়গী ত্রাইভরদা পীরম্মী, পীরমদবা য়াদে হায়দুনা। অঙাং অদুগী মশক, কন কুইনা মাগী পুক্লিংগী নিংশিং লমাইদা মমি তারম্মী।

মাগী শিংকম থোকপা শিংলবা তুংদা তোমাল লৌ উবা তোকল্লে। অহল ওইশিঙ্গকপশিনা ঙমল্লে মৌঙ্গ য়াম্বা নত্তে হায়রিব, হিংনবগী লম্বী অমা লৈল্লরা, হোংদোক হোংশিন নাইবা মাগী পুন্সিগী পাত্রদু মঙং অমা ওনলক্লরা, ইন্দ্রনা হংবদি ঙমথিদে। নোংমা ময়ুমদা হল্লিনথিবদা অঙাংশিংনা ঙম্মী— বাবা নংনা মচা হাংদমগদৌরে হায়না অঙাওবী অমা ঐথোয়দা লাক্লম্মী, চাকস্তু চাথি।

— অঙাওবী হায়দু অদুনি, মরা লৌবা য়াদবা তাথি তাওইনা তৌবা য়াবা নত্তে, কনাস্তু তাও-নিংদুনা তাওবা নত্তে তাওনস্তু পোক্লকপা নত্তে নখোয় ঐখোয়স্তু তম্বা ঙমদে ঙসিগী হিঙম অসিদগী হোংলোই হায়বা ঊশিংনা তুংলু তুংলুবা পাত্রগী মঙং লৌখঙম মীওইবস্তু মানা তুংলবা পুন্সি পাত্রগী মঙং লোবতনি।

অঙোংবা হায়বসি নত্তনা ঙম হোংপ্রবশিংগী মদুংদা মখোয়গী ত্রাইভরস্তু অমা ওইরে। মানস্তু হোংনবদু হায়রককই— গাড়িগী অঙাং অমা থমসি হায়বদু দুপামচা অমদি লৈরে।

— নংগা লোইনদবনি নংনা। ঋে হায়রগা লোয়রে এগীদি।

অস্তুম। হায়গীদুস্তু অমুক হোংল্লে। থবক অমা চৎলুথগী থেঙনা লল্লক্লনা চাক চাবা হোং-গৎলকপদা ঙাইরি। অনৌবা লাকপা দুপামচা অদুগা কনানো অমগা ঙাংনবা তাক্কই— চৎলো সিদা করি তৌবা লাকইবনো নং?

— চাক থরা চাগে লাকপনি লায়না লোইরে
— নংগী চাক চাফম সিবু কদায়দনো অমা চৎলো
— নংগী শরুক্তগীরা কৈনো থরা পীয়ু চারক্তবা কুইরে হায়বনি ঐবু
— য়াদে লৈত্তে লায়রিবসিনি চৎলো

ইন্দ্রনা বনা কনানো হায়না খোয়কপদদি অঙাওবী অদু ওইরম্মে। ঙমানস্তু চাবা ফংই, হায়দুনা অমুক চাগে লাকপা ওইরমান্নে নিংই। মানা হায়— য়েংঙোই নবা ঐ চাবদি লৌগৎলুরে অদু, লা শাতোন অমা হেকলকউ ঐ হান্নিগে থর পীজখোসে।

নবাদ কান্নমত্তা হায়রমদনা থোকখি। মানা মপুক্লিংদা থক্লি অঙাং ওইরিবশিনা মীদুংদি হায়বদু কান্নমত্তা থংগ্রিবা তাংলিন। চাক অদু মানা পোলাংখোক মমাদা থাবীরে। মদু অঙাওবী

— ইমাবু শিপ্রবা নংসু যুমো থঙত্রব্রা ?

— শিপ্রে, ওম্বোক্লা ভবথিবা মীশি অমদা, লমহাংদা শিহুনা :লৈরবা অদুগুম অচাওবীবু ঙেংবা কৌনত্রা হায়না অঙাংশিংদা চৈবহু ।

— নংবু সাইকলনা থেংজিল্লবা মুপা অতুদি নং মথক থঙত্রা ?

— ঐনা ভাব ভারকপদা ইপুগী তম্পাক্কা লৈরম্মী, খঙহৌত্রবনি ।

— মুপা অদু ঐনি । ☐

---

## ঈচেলদুদা

সুনিতিবালানা
ইব শৈরেং

লোক-থোক নোম্লবা কুট-পাঠ মথক
উথি নোংমগী দৃশ্য, লেপ্লহুনা ঐনা ॥
লৈচিল্লক্ত যাওবা পারটিকল অমগুম,
তাইবংদা চঙত্রবা যাত্রবা পোৎচং মীওইববু,
মচু ওনবা মৈতৈ, ময়াং, হাও, পাঙল,
তিনশিন্না চেল্লবা সবরগী ঈচেলদো,
কঙত্রে উরুবদা ওমবা ফুরাশিংদো,
কাকনা শাবা বাকোংগুম, অথঙবনা নোক্লুবদো ॥
ঐদা নত্তে শাথি, লম্বীহুল্লনী খোঙ্গলনা তাবিবা ॥
পৈশাগী ঈচেলহুদা চেনখিবীশিংদো,
রাইট মাল্লবা মুপ-মুপি অনিগী ইঙ্কংতো,
থোরকপদা তারদা, মিঠা পান আনগী ঈচেলহুদা লায়না ॥
থুগায়বা ইঙ্কংতো সভাদা দ্রৌপদি ॥
কপ্লখিনি———— ॥
ওইজরি নোকপত্তনা পঙ্খং রাইট মাল্লবনা,
ও ! কপলি থরস্থ নীংঙমদ মৈচাক্লা,
নীংশিংলুহুনা কমাবু, শিঙ্গিরবা শিরাং ?
মচাকুরা বানোমলুবী অচৌ-অশাংগী যুমদা,
ময়াই লুকুহুনা থোঙবিনা লৈমায় তক্লহুনা,
থোরকখিবীদো———— ॥
কাল্লমদে থোলপর-ডিগ্রী, তিপ্লোমা শোল্লহুনা,
তাংখিবীদো লোম্বোক্তবা খোম্বোক্লা নীংঙমদা থৈচাক্লা ॥
থোলাউনি হায়না লাইকদিবীগী, শোম্ল-শোল্লহুনা
হায়রহুনা ! ——— ॥
খোঙথাংদো তপ্লা থাউ, তুদমবা থাউ,
অহোংবা নায়বা ঈচেলহুদা ॥ ☐

★ সনাজাওবা নাওরিয়া

# মীচমদ আইনগী তেঙবাং লেম্না পীবা

লৈবাকসীগী অইবা কনস্তিতুসন্না পীরি — 'ইন্দিয়াগী লম মথুংদা, ত্রেতনা কনাগুম্ব মীওই অমতদা আইনগী মমাংদা মাংবা নত্রগা আইনগী মনুনা তাক-সেনবীবা য়াদব তৌরোয়রদৌবনি।'[1] মমিং লৈরবা ইংলন্দগী আইন রৈব. দাইসিনা পনবদা, কল অব লোগী মি-তুংদা পোলিস কনস্তেবল ১৭গীনা প্রাইম মিনিস্তর ফাওবা চপ মারে। অইবা চেরোলদা নত্তনা তসে ব. পুন্সিদা অমদি থবক্তা কদায়কাওবা চৎনবগে হায়বদুদি মীচং মীথায় নাইদনা মীয়ক মীচম্ত্রি ওইরূদনা য়েংবা চংই। ইংলন্দদা মীহাৎপগী ময়ালদা কোর্তনা প্লেতর কৌবা অমবু বাৎপগী চৈয়াক্তগী তাথবীদুনা পুন্সিচুম্না তেলদা থম্বগী চৈয়াক পীদুনা লোয়সনরুবদা, আরথর কোনান দোয়াল অমদি মীয়াম্না অমুক হন্না চহি ১১ চুপ্পা থীজনবদা সলেত্তবু ময়াল লৈতবা মী অমা ওইনা থত্তনকথী। ময়াল লৈতবা তিমোথী ইভান্সবু কাঁসী তৌদুনা হাৎখিবদগী তোয়দুনা, ময়াল লৈত্তবু সিবগী চৈয়াক পীবদা, ইংলন্দা নিংকমরকথী, মীয়াম্না নৈনবম্ভ তৌয়কথী। হায়রকৎ মায়বা থোদোক অমনা চিংথদুনা ১৯৩০ গী মতমদা লেবর গভর্ণমেন্ত ফাওবা লৈতাক্তী থবক্তগী থাদোকপা তাহনখী। ঐখোয়গী রাজেন পথাপশিদন্থ মসাবু তাকথোকচনবা ফিভমদা লৈত্তবসিংনা ময়াললৈবসিংগী উসিন ওইনা চৈয়াক কংলম্লোম্ন হায়নিংঙায় লৈতে। সুপ্রীম কোর্তকী জস্তিস বিঃ কেঃ আয়ওনা হায়রদু পনবদা মতিক চায় — "মরাংবা রাথল, চাওখোকচবা কন্না লৈনা, ঐখোয়গী কুরূপনা মসিগী অয়াংবা অমদি অনেম্বা সিস্তিজন পুম্বদ থবক্তা ওত্নবা আইনগী মতেংনা মায়বা জস্তিস তায়বা ভমত্রিবমখৈ কদোম্ন দা তসেংনমক নিংতম্বা অমদি অচুম্বা কংলোয়।"—মথাতানা মহাক্তী রাহৈদা,—"লো নিদস তু ওরদর ওন দ বিথ দিগল ঐদ এন্দ তেনসন্দ এন্দ মাস ভাইওলেনজ আর ওকন দি সিনত্রোম অব দি মেলেদি অব লো তরসস পোবর-তি।"[2] মী থুনিংদা মাগী ফন্দামেন্তেল রাইতস কংজনবা, "ইউনিভর্সেল দিক্লারেসন অফ হিউমন রাইতস" না অমদি মতেং লৈজত্রবা মীদা সেল তিংদনা আইনগী মতেং কংননবা রাকম "ইন্তরনেসনেল কোবেনান্ত ওন সিবিল এন্দ পোলিতিকল রাইতস" না পী। চহি থরসিদা লৈবাক্তী মকম

---

★ অইব অসি গৌহাটি ইউনিভরসিটিগী লোস্ত গ্রেজুয়েত দিপার্তমেন্ত অফ লো অমদি লো কলেজদা আইন তম্বীরি।

তেংবাং মতিক চানা চঙই। দিফেন্দেন্ত কয়ানা জামিন লৌবগী মরম খঙদনদগী, বিচার তাঙবা তারবদি জেলদা তাঙগদবনি হায়না লৌই। ক্রিমিনেল চার্জদা তাকখোকপদা আইনগী মতেং পীবা অসি "পুঅর প্রিজনরস দিফেনস এক্ত, ১৯০৩' দগী হৌরগুনা, "পুঅর প্রিজনরস দিফেন্স এক্ত ১৯৩০" না সমাপ্পী ত্রায়েল, প্রিলিমিনারী ইনক্যাইরী ১দি ত্রাইয়েল ওন ইন্দাইতমেন্ত কী মতাংদা মতেং পাকচাওনা পীরকই। আইন অসি অমুম থম্লুনা, সিভিল মেত্তরসতা "লিগল এদ এন্দ এদ-ভাইস এক্ত, ১৯৪৯" না মতেং পীরকখি। হাদগী থোরাং অদু য়েংসনবগীদমক সেম্বা রাইজরী কমিতিনা-১৯৬৬ তা রিপোর্ট পীখি।"

"পুঅর পারসোনস দিফেন্স এক্ত" কী মখাদা কোর্টতা থাকৎ পীরবা মতুংদ, আইনগী মতেং পীগদবা পীবোরত্রা হায়বদুগী থারেপ কোর্টনা লৌই। আপীল তৌরবা মতমদ, হায়রা নেসতুবু তাবীখিবা কোর্ট নত্রগা, আপীল তৌরবিবা কোর্টতুনা আইনগী মতেং পীবা য়াই। সিভিল কেস-সিংদদি, থাকৎ পীরিবা মী অদুনা উকিলসিংগী কমিতি অমদা চৎলি, মদুনা কেসতুগী মেরিত হায়-বদি মতেং পীবদা মরম চাত্রা হায়বদু তায়। আইনগী মতেং পীবা মতমদা ক্রিমিনেল কোর্ট অমনা কেসতুগী মেরিট তাং থীগৎপা য়াদে। আইনগী মতেং লেপ্প কঙলবা মী অমনা, মরমায় সেল পুথোক্লবগী দরকার ওইদে। সিভিলগী মতাংদদি, মথাক্তী নৈজবা লম থুম অদু "সপলিমেন্তেরী রিলিফিতস কমিসন" না লেপই, অরেপ্প অদুগী মতু ইন্না মথাক্তা ওমজব য়েংদুনা লমায় পুথোকই। রাইজরী কমিতিনা ক্রিমিনেল কেসশিং অমুম্বা লম-থুম লেপ্পা অসিনা, তপ্থদনপনি হায়দুন কয়া য়াদে। বৃতেন্দা হায়রা ক্রিমিনেল কোর্টসতা লাকপা কেসসিংগী তঙ্খায় অমদগী খর হেক্নদ আইনগী তেঙবাং পী। (মেসিনারী অব জষ্টিস ইন ইংলান্দ—লঃ ১৬১)।

মতেং পীবগী থবক চত্থবগী থোওং অদু বৃতেন্দা য়েংবা য়াই। লৈবাক্তুবু এরিয়া ১২ থোক্না খায়দোকই। মদুদা এরিয়া কমিতি অমমম থমই, মদুবু লোকেল কমিটি কয়া থোক্না খায়দোকই। খুদোংচাদবা মী অমগী অহানবা মথৌদি পাওতাক লৌবনি। থোরাং ২ থোক্না লৈ—অহানবগী হায়বদি 'ষ্টেচুতারী স্কিম' গী মখাদ, পেনেলদ লৈবা উকিল ১ মিনিট ৩০ কাওবা উনবদা সিলিং ২, পেন্স ৬ পী, উকিলনা লিগেল এদ কন্দগী সিঃ ১৭, পেঃ ৬ মদুগী মখক্তা লৌই। অনিশুবগী হায়বদি 'ভলন্তরী স্কিমগী' মখাদা, মী অমনা তাররীবা উকিল অদুদা পাউন্দ ১ দগী হেন্না পীদে। মসিগী নিয়মদি, সেল লৈজদবা মীসিংনা লেপ্পা মতেং কই, মরাই ওইনা হিংবা মীনা মাগী অরাকপা সেলকমগী মতুংইন্না কী পী। বৃতেন্দা আইনগী মতেং পীবগী থোরাং অসি পারলিয়ামেন্তদা দায়িত্ব লৈবা মিনিষ্টর অমগী মখাদা থমই। কোর্ট ১দি খুন্নাইগী মরমদা থঙবা মীওইনা সাবা পাওতাক পীনবা কমিতি অমা লৈ। পাওতাক পীরিবা কমিতিগী করেন্ত পুম্বা পারলিয়ামেন্ততা থমই।[7]

ইন্দিয়াগী হায়রা লৈজরিবা আইনগী থৌরাং মথাদা অসুম্বা তেংবাং পীনবগী থৌরাং লৈতে। পীরিবা মতেং খর পনবা তারবদি, কেপিতেল সেনতেন্স পীবগী মরাল সীরবা মীওই অদুনা, মসা তাকথোকচনবা উকিল লেকপা তমত্রবদা, মমল তিংদনা পাওতাক কংবদি য়াই। অদুগীসু মথক্তা 'সিবিল প্রে সিজ্যুর কোর্ট' ওরদর ৩৩দা লাইরবগী স্টেট তা কোর্ট কী কোকপীনবা কাওবদংগী খুদোংচাবা মচা অমত্তংপা লৈ। মদুনা লৈজনবা মীওইসিংদা আইনগী মতেং পীনবগী মতিকচাবা থৌরাং নত্রি।

(III)

লৌন চাপচল্লিবা আর্তিকল ৩৯ A না, আইন ওইরবদা, ইন্দিয়াগী কনস্তিতুসন্দ সেল-থুমদ সোপকব কংলুপতা আইনগী মতেং লস্না পীনবগী থাইন অমদি য়াওরগনি। তেতসিংবা দিরেক্তিভ প্রিন্সিপল অসিবু কয়াথুনা, কয়াম পুক্কিং চঙনা থবক ওন্থ্র রুকপগে হায়বদুদি যে থবীবা চংই। মসিগী মমাংদসু মথিৎ মনা সিংবা, খুমাং চাওসনহৌবা তেত থবদি থবক লৌখৎপা হৌনগে।

ইং ১৯৬৯দগী হৌরদুনা দেলহি ইউনিভর্সিতিগী ফেকলতি অব লোদা স্তুদেন্তস লিগল সার্বিসজ ক্লিনিক্স প্রেকতিসনরশিপগী মতেং কাদুনা আইনগী মতেং লেম্বা পীবা হৌরকখী। অরাংনোংপোক্কীগী ওইনা, ইং ১৯৭৫, ফেব্রুয়ারী ২দা ভারত লৈঙাকমপু ফকরুদ্দিন আলি অহমদ য়াওদুনা ফমথিবা গৌহাতি মীফমদা পূর্বাঞ্চল লিগেল এইদ ক্লিনিক শেমখি। ক্লিনিক অসিগী অথোয়বা কমিতি শেম্বগী মওংদি— কমিতি অদুগী চিফ পেত্রোন পেত্রোনসিং, এ ভাইজরসিং, প্রেসিদেন্তু, য়ারকিং প্রেসিদেন্তু, জেনরেল সেক্রেতারী ত্রেজরর, মেম্বরসিং থম্লি।[৪] অদুগীসু মথক্তা দিস্ত্রিক্তকী মথংদা সেম্বা সব-কমিতি ১৬সু লৈরি।[৫]

পোন্দিচেরীদা নবেম্বর ১৯৭৫দা, লেফতেনেন্ত গভর্ণরনা মীফম মপু (চীয়ারমেন) ওইদুনা সেম্বা লিগেল এইদ এদভাইজরী বোর্দ সেমখিবদগী তেংবাংগী থবক চপ্পরকখী। মতুগী মমাংদা পোন্দিচেরী লো কোলেজগী প্রিন্সপালদা তেংবাংগী থবক হৌগৎখী। থবক্কী পোৎ'রবা দিস্ত্রিক্ত জজ অমনা দিরেক্তর ওই। লিগেল সার্বিস সেন্তরগী য়ুনিত ৩ লে। অতোনবদা ফার্স্ত ক্লাস জুদিসিয়েল মাজিস্ত্রেতকী পরার ফংলবা অফিসার অমনা য়ুনিতকী লোয়সঙদা ফমদুনা চিলহায়বনা ক্রিমিনেল কমপ্লেইন্তস রেজিস্তার তৌনা কাওবা তমই। অকবা মতাংদা দিরেক্তরদা থাগৎলি। অনিশুবদা, রেভিনিয়ু লোয়সঙ অমদি পোলিস লোয়সঙনা তেংবাং পীবা, বারগী মতেং ফংবা, লো কোলেজকী লিগেল এইদ ক্লিনিকনি। অমুক ফম্বা কেস ২০-৩০ কাওবা ফংই। অহুমশুবদা, সোসিয়েল অমদি হরিজন বেলফিয়ার দিপার্তমেন্তকা পুন্নুনা সেম্বা কোয়-

চৎ চৎপা য়ুম্লিতনি। মোবাইল য়ুনিত অসিনা থুজংদা আইন খঙহন্দুনা, আইনগী রাকখম তেংবাংপী।[10]

উকিল ৩০ দগী হেনবনা মসা'না তেংবাং পীনবগী পরীংদা লৈ। অদুম্না তেংবাং পীখিবা র'খোকতি পোৎচৈ থাই লাকপ', লোমীগী রাখোক, চাবা থকপা, ইমুং মনুং লুপা লুপীগীন নমই। ১০A পোল্লিচেরিগী খোরাং অসিদা থম্ব কগৎহনবা তেংবাংগী খোরাং অমা পাৎখৎপা তারবদি, অরাংনোংপোকলমগী অপিকপা তেংসিংদা চানবা কেনগনি। মনিপুরদস্তু লেতাক অমত্তু বার এসোসিয়েসনগী লৗখিং মখাদা লৈজদবা মীওইনা আইনগী মতেং পিনবা "লিগেল এইড কমিমি" শেমজুনা থবক চংশিনবা হৌখিবসি থাগৎনিংঙাইগী মশক্কি।

IV

মথস্তা পনখ্রীবা মীরমদা অমদি লৈবাকসিগী মনুংদা লৈজদবা মীচমদ, আইনগী মতেং পীবগী খোরাং থরসিনা লৈবাকসিগী মকম খুদিংদা তঙাইফদবা অমা লৈরে কাওবদি থঙনিংবা পোক্লবা মচাক অমনি।

স্টেতনা সিনবা আইনগী মতেং পীবগী মরমদা বোম্বে হায়কোর্টকী জজ জে: এন: নাইন না পীবা সজেসন থর পনবদা কারগনি।[11] স্টেত খুদিংদা লৈগদবা লিগেল এইদ কাউন্সিলন লেংসনগদবা লিগেল এইদ কমিতিসিংনা আইনগী তেংবাং পীগদবনি। কাউন্সিল অসিদ চিফ জষ্টিস নৎত্রগা, হায়কোর্ট জজ, আইনগী মিনিষ্টর নত্রগা ষ্টেতকী বার কাউন্সিলগী মীহুৎ যাওনবা পী। দিষ্ট্রিক্ট ১দি তালুকী থাক্তা এম-এল-এ যাওনা কমিতি সেম্ববস্তু পী। কমিতিসিংনা উপিলগী মিং পরিং থম্বা পী। ষ্টেত গবর্নমেন্তনা লিগল এইদ ফন্দ পীগদবনি। উপায় লৈতদবা মীওইদা লেপ্পা মতং পীনবা অমদি মরাই ওইনা লৈনা মীওইসিংনা অচবা লেপ-ফমগী মফম থর পুখোকপা চঙই। কনাদা আইনগী মতেং পীগদবগে হায়বগী মতাংদা গোবাটি হায়কোর্টকী জষ্টিস দি: পাথক্না পনি—"ফোর দি পরপজ অব ইলিজিবিলিটি ফোর লিগেল এদ. দি প্রোগ্রাম শুদ কোম্প্রেহেন্ড সাবজেক্ট তেষ্টস, লাইক মিন্স তেষ্ট এন্দ সচ অদর তেষ্টস এন্দ দি প্রোগ্রাম শীদ ইন নেসেসারী, এন্দ তু দাও এন্দ হোয়ার দি লিগেল এইদ কেন বি রাইতলী গীবন। দি লিগেল এইদ কেয়োত বি গীবন এজ এ মেতর অব গীফ্‌ত ওর, চেরিতি।"[12]

খুদাইদা অচুম্বা রায়েন থম্বা তারবদি আইনগী মীৎয়েংদা মীওই পুম্বা মাইয় হায়বসিদা যেৎনবা মচাক লৈরে। থবক্তা কদায়দা ওবা অচৌ-মচা থাক্তনা অচুম্বা রায়েন কংলিবগে হায়বসিদি মীৎনা উরবা যাকদ্রি। নমৎপীবসিংনা নমৎপীরবসিংদগী মতিকচাবা পাওখুম তাবা তৌবদা

নমহৎপা হায়বদু লাম্বি হেক থঙলকপগা, আইনগী মতেংনা খুনাইগী অমদি সেলথুমগী বায়েন পূ-রকপা থবক তত্তাহনবা চঙই। মচুগী খোঙথাং ওইনা, ইন্দিয়াগী কনস্তিত্যুসনদা আরতিকল ৩৯A হাপচল্লি। হৌজিক লৈবদবা মীচমদা আইনগী মতেং লেংবা পীবা হায়বসি স্তেতকী খোদাং অমা ওইরে। অহানবগী তাংকৎতদি, খুনায়দা মখোদাং মশক থত্তব, আইনগী লমদা হায়বা খোঙদা-রুবা মীওইসিংগী তেংবাং হাওদনদি লৈতাকতনা তেংবাং পীবদি মপুং ফাবা হাৎকনি।

## মরী লৈনবা লাইরিকসিং

১—ইন্দিয়াগী কনস্তিত্যুসনগী ১৪ শুবা আরতিকল।

২—রিপোর্ট অব দি এক্সপার্ট কমিতি অন লিগল এইদ অগী লোৎথোকপা, PLAC Souviner.

৩—আরতিকল ৩৯ A, ৪৪ শুবা কনস্তিত্যুসন সমদাকপগী বিলনা হাপচিল্লে—"The state shall provide free legal aid, by suitable legislation or schemes or in any other way, to ensure that opportunities for securing justice are not denied to any citizen by reason of economic or other disabilities' (Statesman Sept 2 1976)

৪—মেজোর লিগেল সিষ্টেমস—দিবিদ ড্রাইরগী – ১৯৬৮ ইদিসন লাং ১৬৫ গী মথা।

৫—লিগেল ইজ্যুকেসন ইন ইউনাইতেদ ষ্টেতস—দেবিদ এফ কেবরস—বি, ও এ, কোরম লেক-চরস।

৬—মেসিনারী অব জষ্টিস ইন ইংলন্দ—আর, এম, জেকসন, মঙাশুবা ইদিসন—লাং ১৪৯—১৫১।

৭—মথক্তা পনখিবা লাইরিকী লাং ৩৩৮ – ৩৫০

৮—চিফ পেত্রোনসিংদি—দি, কে, বরুআ, চীফ মিনিষ্টর অসাম, চিফ মিনিষ্টর মনিপুর বি, বি, বরুআ—ইউনিয়ন দিপুতি মিনিষ্টর অব লো এন্দ জষ্টিস নি। তাং ৪-৯-৭৪ দা মীখল তৌখবগী মতৌনি।

৯—ফ্রোম জেনরেল সেক্রেতরীজ দেস্ক—সৌভিনির PLAC, 1975.

১০—সাইক্লোস্টাইল তৌবা পেমফলেত—গোভর্নমেন্ত অব পোন্দিচেরী।

১০A—মথক্কী পেমফলেত।

১১—জর্নেল অব বার কাউন্সিল অব ইন্দিয়া, ক্রং ১৯৭৩, লাং ১৫

১২—লিগেল এইদ স্কিম ইন এ বেলফিয়ার ষ্টেৎ—পি, ৭।৭৫ (PLAC Souvenir). □

# 'মনিপুরগী রাংমদা মীতৈ নাৎ

মুতুয়া বাহাদুর

ব্রহ্মাদেশ অসিদা ঐনা মনিপুরগী রাংমদা লৈবা মীতৈলোংগী নাৎকী মরমদা থরা লৈনরিবা অসি ঐনা অরিবা পোৎ চৈশিং খোমজিনবা কোৎনজবদা থেংনজরকপা অমদি ইশিন্নজরকপা থরদং ইজবনি। মালয়এসিয়া অমসুং থাইলেন্দদা মীতৈশিং তাবগী মরমদা ছৌখিবা ইং ১৯৭৪ দা "ইবৌ" চেকোৎতা হাপখ্রে।

আসাম, ত্রিপুরা, বঙ্গাদেশ, লাসা, থুনবিনজাং, বর্মা, কাবুলমচিংবা লমশিংদা মীতৈ নাৎকী চৎনবীশিং চাওরাক্লা লৈনজগে।

আসামদা লৈরিবা মীতৈশিং অসি চাওথাক্লা কাওলুপ অহুম থোক্লা থায়দোকপা য়াই। (১) কাছার ডিষ্ট্রিক্টকী কোন্নিবা লমশিং (২) নাগাও, কামরূপ অমসুং ডরং ডিষ্ট্রিক্তা কোন্নিবা লমশিং (৩) গোলপারা অমসুং শিবসাগর ডিষ্ট্রিক্টকী কোন্নিবা লমশিং। কাছার ডিষ্ট্রিক্তা লৈব মীতৈশিং আসমা মীতৈশিংগী নাৎকী ঊচেক মপুং ফানা ফোংবা ঙমই। ঙমলবসু মনিপুরগা খেন্নবা থরা মথৈদি লৈ। মনিদা ঐখোয়না নিংশিংবা য়াবা থরদি মীতৈ লৈবাক্তদি মপানগী ইথিল লাইনিং লম্বীগী ইথিল কয়ামকম ফুজিনখিদুনা মহেক শেংবা তঙব থাওশিন্নরে। কাছারদদি মমাঙ-তৈগী চৎনবী থরা অঙ্গমক হিংদুনা লৈবা য়াবা য়াই। ঙসি মনিপুরদা মীতৈ মরূপ হায়না থঙ-নরিবা, মমাঙতৈগী মীতৈশিংগী চৎনবী থিনৎপনচিংবনা হোৎনোকখিবগী ঊচেক কাছার লৈবাক্তা পোকপা নাওয়েম ফুলোনা লময়ানখিবনি। মসিদগী মথং মথং শন্নোরক্লা কাছার লৈবাক্তা মীতৈ মরূপ মপুং ফানা লৈরে। মীতৈ মরূপ অসি কাছার লৈবাক্তা কাওলুপ অনি থোক্লা থায়-দোকই (১) নাওরিবা ফুলোগী কাওলুপ (২) পোটরৈতোনগী কাওলুপ। কাছারদা শজিবু চৈ-রাওবদা কোৎথোংদা চাক থাদোকপা অসিমতংদি তৌদে। মখোয়না নোংঙাংদা লাই খুন্নিরবা ফুমিত্তা থৌরম পাংথোকই। মনিপুরদা লৈদিংঙ, গম্ভীরসিংবনা পানবা মতমদা কাং চিংবা হৌ-দোকখি। মনিপুরদা কাং চিংনবগুম্না কাছারগী থুন অমা অনিদা কাং চিংলৈ। লিকজোল শামবা, কাং শামবা থৌরম লিংখিনা পাঙথোকই। থাওনং ফুমিত্তা থাবল চোংবগু কবি করিগুম্বা থুলদা য়াওই। লিচোন চাকৌবদি কৌনদে। কাছারদা লৈবা মীতৈশিংমা মৌনি হায়বা থওনবা থেকোলগী মৌশিংবা ফুজি অচৌবা শিবগুম্বা লিকৈ। মসিনা মখোয় মৌনি হায়বা লৈবাক খুন্নাইদা থওলৈ। লাইরবা শিবুর মথমু করাওবীশিংগী মরক তৌনবগু য়াওই। কাছার ডিষ্ট্রিক্তদি মুপামচা, মুপীমচাশিং মুর্খীজগুম্বা ওন চোংবা অসি তৌলদে। মশিঙ্গু মপান মীতৈশিংমা হৈবা মীথৌংবা

য়েংলৈ। লৌন লৈনবা ভাষাকুম্ অমল-মমনশিংনা হায়না শিংনবগা, য়েক খোকপা, লৌনবা য়াবা য়াদবা য়েংলগা লৌনৈ। কাছাড় ডিষ্ট্রিক্তা লৈবা মীতৈ খুলশিং—(১) লক্ষীপুর (২) তলেন খুল ৩) লুংফৌ ৪) শ্রীবার ৫) নিংথেমখুল ৬) চপ্রৌ ৭) বরাবিল ৮) কোজেং লৈকায় ৯) লালাং ১০) লাবোক ১১) জয়পুর ১২) কামরঙ্গা ১৩) উরাবিল ১৪) পালারবন্দ ১৫) রানীপুর ১৬) বাশকান্দি ১৭) চন্দ্রপুর (১৮) ভোরাম লৈকায় (১৯) খাক মারা (২০) বাড়ী (২১) মাসপারা (২২) লৌখায় (২৩) রংপুর (২৪) ভাগাই-পুর ২৫) বাগাছুর খুল ২৬) দিগালি ২৭) বাকখাল ২৮) সৈখোম লৈকায় ২৯) গড়গড়ি ৩০) দামায় ৩১) বিলসেলু ৩২) বড়খাল ৩৩) উধারবোন্দ ৩৪) বন্দোম ৩৫) মোহনাব-বোন্দ ৩৬) কজোল লৈকায় ৩৭) মাছুর খুল ৩৮) মথুরামচীল ৩৯) খোয়রেন ৪০) দুধ-পাতিল ৪১) সংলুগ্রাম (৪২) উটখেলা (৪৩) হারাপুর (৪৪) রামনগর ৪৫) বোয়ালজুর ৪৬ (বিন্নাকান্দি ৪৭) তাম্রালবুক ৪৮) পুটিখালা ৪৯) লাইকোল ৫০) কাপ্তানপুর ৫১) শিঙ্গারবোন্দ ৫২) ফুলগাও ৫৩) অমুরা মঙ্গু ৫৪) কপায়বালী ৫৫) চাল্লম লৈকায় (৫৬) বাপোকপী (৫৭) বিবিগাও ৫৮) য়েংনা (৫৯) উচা (৬০) বেরোকেমার ৬১) সাঙ্গোলপুর ৬২) বারাখুল ৬৩) বনভারাপুর ৬৪) গঙ্গা নগর ৬৫) বাংলাটীলা ৬৬) ভুবানলগর ৬৭) চেংপুর ৬৮) দরম ৬৯) জালালপুর ৭০) চান্দাপার ৭১) বেরাবাক ৭২) লামারগ্রাম ৭৩) সেংরাজৈ ৭৪) কৃষ্ণপুর ৭৫) ফিন্দুবী ৭৬) শাদিপুর ৭৭) বারমনি ৭৮) রামপ্রসাদপুর ৭৯) মঙ্গুংখুল ৮০) লালা ৮১) চেংবিল ৮২] থিজোংখুল ৮৩] লৈখো-পোকপী ৮৪] বামোন লৈকায় ৮৫] কোঙ্গুং লৈকায় ৮৬] ছেটলা ৮৭] সোয়ামখুল ৮৮] খোংনাও-খুল ৮৯] লৌরাং ৯০] লাইশ্রাম খুল ৯১] পোয়ালিপুর ৯২] মোলিনগর ৯৩] ছেহুরি ৯৪] ধুংকরু ৯৫] চন্দ্রপুর ৯৬] কালীপুর ৯৭] পাঙ্গিখুল ৯৮] দামারবোন্দ ৯৯] জারনতালা ১০০] চিত্রাখল ১০১] লক্ষই ১০২) রঙ্গছুরা ১০৩) প্রতাপগড় ১০৪) পঠারকন্দি অসিনচিংবা। কাছারদা লৈবা মীতৈশিংগী ঈনাৎকী চৎনবীশিংবু দিহাল, মালী, পাঠনী অমসুং কাছারীশিংনা মতৌ তম্মী। মীতৈলৈবাক্তা চাবা থকপগী চৎনবীগা কাছার লৈবাক্তা লৈবা মীতৈশিংগী চাবা থকপগী চৎনবীগা মপুংদা মাজরবসু খেনবা উবা ফংই। কাছার ডিষ্ট্রিক্তা উদং লাইবক্লা-মরুম হয়াওনৈ। লম অসিগী মাইবী মমিং য়াম্না চংলি।

নাগাও ডিষ্ট্রিক্তা লৈবা মীতৈশিংসু কাছারগা খেনবা খোইনা মরৈত্রবসু মীতৈ নাৎকা ঈচেলদি থর হয়না অহুমক মরৈ। ডরং, কামরূপ ডিষ্ট্রিক্টশিংবসু অহুমক চপ মাদৈ। নাগাও ডিষ্ট্রিক্তা লৈবা মীতৈ খুলশিং— ১] নগাও ২) বাঙ্গুবন্দর ৩) খোইরেম খুল ৪] পনসালি ৫) হৈজুবনবী ৬) সলামখুল ৭) দবলোং ৮) রাজবারী ৯) পনজ্রোগাৎন ১০) তালুকদারি

১১) ঝিং ঝিং ১২) দুবাইপুর ১৩) জালুহন্দর ১৪) কালাধূল ১৫) গৌরনগর ১৬) খুমকৈ ১৭) উদোরপুর ১৮) নান্দাপুর ১৯) উদোরপুর-গে চোরা ২০) গে বিন্দপুর ২১) কাথোন-টোলি ২২) মোইনাপুর ২৩) খঙ্গালৎনবী ২৪) খামটোলি ২৫) কালিনগর ২৬) বিষ্ণুনগর ২৭) খানিনগর ২৮) মোইনাপথর ২৯) বোরখোন ৩০) রালফিং ৩১) জুগিজান রাজবারি ৩২) রাধানগর ৩৩) কুংত্রাকাটা ৩৪) বিষ্ণুপুর ৩৫) সিংগীমরি ৩৬) সিংগরিনসটি ৩৭) নোথুটি ৩৮) টেরালংচু ৩৯) কামরূপ অসিনচিংবা। হায়রিবা লমশিং অসিদা মীতৈ ফুকপ মপুং ফানা (নাওরিয়া ফুলো. পেংটরৈত্তোন অমত্তং পাখংবা মরুপ.) শজ্জোকই। মনিপুরদা কিচৌ লেৎতুনা পাল। লেপ্লা পামবদগী নাগাও ডিষ্ট্রিক্তা লৈবা মীতৈশিংনা পাখংবা মরুপ লিংখৎতুনা থৌরম অসিদা কন্না চাওখৎনবা হোৎলৈ। সৎকি পল্লিবা লমশিং অসিদগী উমং লাই মপুং ফানা লৈরাউলৈ।

গোলপারা অমস্তং শিবসাগর ডিষ্ট্রিক্ত লৈবা মীতৈশিংদি মীতৈগী নাৎকী ঈচেল অসি ঈয়ৌ য়ৌদে কায়বা য়ই। মসিগী মক ওইবা রাকমদি লাইরিক লাইস্ত হৈবা রাৎপা, মনিপুরগা কা লেন্না শন্নদবা, ললোন-ইতিকী মরমদা মনিপুরগা ক লেন্না শন্নবা লন্দী খন্না তমদবা অসিনচিংবা। হায়রিবা লমশিং অসিদা লৈবা খুল খরদদি মীতৈলোন তাংনবগী পাল্লল লৈতবা য়াওরে, অয়াম্বা ওথোমীয়া লোন তাংনবা য়াওরে। মফম অসিদা চৎনবীগী থৌরম অয়াম্বা পাঙথোকপা উদে।

ত্রিপুরাদা লৈবা মীতৈশিং ১৯৭১ ইংগী মথাঙদা মুপীশিংনা চংথোকপ অমদি ইমুং মনুংদা লৈবা কাওবা শাথি লেৎলৈ। থুজি লোকচাওবী য়োশিংনা শিনৈ, বেঙ্গালীশুম্না। লাইরক্তা শিন্দুর নন্দী। অয়াম্বা মতমদা ইমুং মনুংদা বেঙ্গোলী লোলনা রারী শাংবা কাওবা য়াওই। হৌজিক্তি কনেক লেৎপা মশিং য়ামলক্লে। মীতৈলোলনা নমনা তাংনব উরক্লে। লোন লৈনবগী অথিংবা কয়াকরুম লম অসিদা মীতৈশিংগী ওইনা চৎনবী লেম্মী। হৌজিক কাওবদা বঙ্গাদেশকা লোয়নবা খুল খরদা মীতৈ লৈশাবী শাঙ্গ ককপী লৈরি। ত্রিপুরাদগী কবি কবিগুম্বা চঞ্চিদা উমং লাই হওাওবা য়াওরকই। ত্রিপুরাদা লৈবা মীতৈশিংনা উমং লাই হরাওবা য়াম্না পাম্মী। অচুম্বু 'মাইবী অমস্তং মাইবশিংদা লাই হরাওবগী নিংথিন: খংবা মী কংদে। ত্রিপুরাগী নাৎকী থৌরম অমা উৎপা মতমদা মীতৈ নাৎনা হৌজিক কাওবা শরুক য়ারী।

বঙ্গাদেশতা লৈবা মীতৈশিংনা হায়রিবা লাইনিংশাবী (মীতৈ মরুপ হায়না খঙনবা) চৎপা কাওবুনা গৌরিয়া ধর্ম চৎপা কাওবুবু হন্নন। য়েলৈ। ত্রিপুরাদা মুপীনা শাথি লেৎপগুম্না বঙ্গদেশতা লৈব। মুপীশিংদি শাথি লেত্তে, কনেক লেৎলি। বঙ্গাদেশতগী উমং লাই হরাওরি। বঙ্গাদেশতা লৈবা মীতৈগী খুলশিং খর— ১) ভানুঘাট ২) রামনগর

৩) কালেশ্বর ৪) খাজপুর ৫) খামাই ৬) লুরখামাই ৭) বোরোখামাই ৮) সেখাই-লৈকাই ৯) বোরোটুলী ১০) নোনখোরী ১১) জঙ্গোল লৈকাই ১২) শিবপুর জঙ্গোল লৈকাই ১৩) একটিয়ারবিল ১৪) নোংখোং খুল ১৫) মণ্ডপে মখোং খুল, (অসি মরি থোকই) ১৬) কুনবেগাও ১৭) হামো'খুল ১৮) ভানুবিল ১৯) মঙ্গলপুর ২০) নিপকুথি ২১) মাধবপুর ২২) কাটাবিল ২৩) খাকা অসিনচিংবা। বঙ্গাদেশতা লৈবা মীতৈ চুপীশিংগী ফি মথি' মান্না চৎলি। মীতৈ চুপীশিংগী ফনেক লেৎনবা অমদি ইন্নবা ফিনচিংবা শানবগী লং পুখোক পুশিন তৌবদা সরকারনা মীতৈশিংগীদমক্তা অথিংবা মতম অমদা পীরগদে। নবখিব মথুরানচিংবদগী মীতৈশিং থুন্দাক্তনা লৈরি।

ঐরাদা লৈবা মীতৈশিং খরদি মমারোল তাংবা ভগবগী পঞ্জল লৈরগা। দ্র। মখোয়না মীতৈদি হায়বা খঙনবা মীতৈগী থোরম অমদা লাইশঙদা চৎতুনা শিখা থিল্লি। শিখা থিল্লবা মতুংদা অথেনপোৎশিং অদু মমুমদা পুরক্লগা মমা, মপা অমদি মচিন মনাও পুন কপমিন্নৈ। হ'য়া থুন্দাক্তনা লৈবা কাওবুনা ঐরা লানগাইবদা কাখিবা কাংবুবু (অরা লানগাইবদা কাখিবা কাওবুবু মখোয়না পাওনা কৌই) হন্নবা কাওবুনি হায়না লোনৈ। বর্ম্মাদা উমং লাই (কয়াবোই) হরাওই। হরাওবদা শুমাংলিলাগুম্না শানৈ। মনিপুরদা চুপা মাইবী লৈবক্তুম্না ঐরাগী চুপা মাইবীনা চুপী মাইবীগুম্না, লাইগী থোরম তৌই।

লাসা অমসুং থুনমিত্তাংদা লৈবা মীতৈশিং তিকরতকী কিজেৎ চাকচাগা অমত্তা ওইশিন-খিদুনা মখোয়শিংগী মরক্তা খেন্নবা উবা ফংদে। লাসা অমসুং থুনমিনত্তাংদা—ফুনিৎ শাবম, চিংগুবম অমসুং থোকচোম মুন্নাকশিং মান্না লৈ। □

---

## কক্তব্বা রিপোর্ত

### গোজেন্দ্রো লাইশ্রম

চহিগী ওইবা মীকমদা
থমগনি ঐখোয় লৈবাক চাওখৎনবা
লৈনগনি ঐখোয় সমাজ শেমগৎনবা
সেক্রেতরিনা রিপোর্ত পাগনি
তৌখিবা চহিগী ফত্তবা রিপোর্ত।
থবরদা চাওনা ফোংগনি
রিপোর্তগী মরমদা
পাগনি থাজাও-তাংখশিন্নবা
ফোত্তেলদ, করিদা অমদা,
অদু-অদু তৌরে
অদুগ-অদুগা পাংখোকরে
ঐখোয় লৈবাক চাওগৎলে।
মীয়াম খুবাক থুগনি
সেক্রেতরি নোকশেৎ তৌগনি
মীয়াম মুদা ফনথিনি
মুমগী নোংদি মুরমনি
চেংমুগী চেংসু হাংলমনি
অঙাংগী নিঙাই তৌরমনি
সেক্রেতরিগী রিপোর্ত ফত্তনি
মীয়ামগী খুবাক নিরখি। □

Imphal, 16 Sept. '76.

# VETERINARY & ANIMAL HUSBANDRY SERVICES
# MANIPUR

## হকচাং ফন থম্নবগীদমক্তা :

চাবদা হাওরবা চিঙ্গাকী মচলগুনা য়াওরবা শঙোম, শঙোমগী পোংথোকশিং, য়েরুম অমসুং অতৈ শা ঙাগী প্রোটিন শিজিন্নবা দরকারনি ।

## মথংক হায়খি্রবা চিঙ্গাকশিং অসি ফংননবগীদমক্তা:

অফবা মখলগী মখোম য়ামনা থোকপা যণবা মরুম য়ামন কোকপণ্ডবা য়েন অমসুং পুনা চাওগনবা মখলগী যণ, ওক অমসুং য়েন লোইবীয়ু ।

## অফবা মখলগী শা-উচেক ফংনবগীদমক্ত:

লোইশঙ অসিগী ডাইরেক্টরগা নত্রগা ডিষ্ট্রীক ওফিসারশিংগা তানবীয়ু ।

## মমল য়াম্নবা শা-উচেকশিংবু লাম্নাদগী ঙাকথোকনবা:

টিকা থাননবগীদমক্তা অমসুং অনাবশিংবু লায়কম্নবা মনাক নকপা ডিসপেন্সরিদা নত্রগা হোসপিটালদা মতম চানা পাণ্ড পীবীয়ু ।

ডি: ভি: এ: (পি)

No. DE/72/73 Imphal, the 17th Sept. '76.

# THE NATIONAL EMPLOYMENT SERVICE, MANIPUR

Employment service is a free and impartial service. Employment Exchanges of to-day are not merely market places where workers and jobs are exchanged They also

- (a) Assist employment seekers with diverse qualifications and experience in finding a suitable job of training opportunities.
- (b) Enable workers who are rendered surplus or retrenched by their employers to find alternative employment
- (c) Serve employers by referring to them suitable workers to fill in the different posts in their establishments
- (d) Collect up-to-date information on employment trends, job opportunities, training facilities and related matters and disseminate this information to the public the students population and the administrators.
- (e) Study occupation in all their aspects viz. job content physical, mental, educational and training requirements, working conditions including hazards involved, if any, pay and promotion prospects etc and prepare a variety of occupational information materials useful to students, parents, new entrants to the labour market and general public
- (f) Guide young persons and employment seekers in problems of vocational choice, employment and adjustments,
- (g) Advise Government in man power problems including review and re-adjustments of training programmes and curricula according to employment market needs

Four District Employment Exchanges, namely, Imphal, Churachandpur, Ukhrul and Senapati were opened for convenience of the employment seekers and employers.

**Director of Employment,**
Government of Manipur

No. 27/2/73/MOL Imphal, the 3rd Sept. '76.

# 'LEPROSY'

## ENTRY OF THE BACILLUS INTO THE BODY

The mode of entry of the bacillus are through cuts, wounds, scratches and insect bites in the skin appears to be a very important mode of infection Evidence is in favour of inoculation through skin being a common mode of infection in Leprosy, in which the disease developed after a slight wound with a needle or other sharp instrument which had been used for or on a Leprosy Patient.

## SPREAD OF THE BACILLI IN THE BODY

After entry of the bacilli into the skin, the bacilli show a special predilection for the nerve endings in the skin, which are affected with cellular infiltration and travel up the nerve twigs, nerve branches, even into the nerve trunks It is a gradual process ( Sub acute infection )

## OTHER METHODS OF TRANSMISSION

No evidence of transmission of Bacilli through food and water

Air is not a common method of spread of the disease. Large number of bacilli are no doubt discharged from nose, throat of advanced cases of the open type of disease during the acts of sneezing and coughing etc. bacilli come out, it may project to some distances in front of the patients. It is not a congenital disease as there is no evidence of bacilli in Placenta of Leprosy Patient.

**National LeproSy Control Programme**

Medical Department. Govt. of Manipur

# ঈশিংগী মরীদা নুঙ লৈবদগী ঙাকথোক্নবাপাম্বে

ডাক্তর সান্তিকুমার, খুরায়

মাহৌখোকঃ কিদনি ১মুং ঈশিং-গী লমীদা নুঙ লৈবগী চাংশি য়াম্না হেনগৎলকই, মসি পৃথিবীগী মফম অমাম্দনি। মসিনা মীওইবগী য়াম্না শাথিবা লাইনা অমা ওইরক্নী। কমিনা কয়া নুঙ ওইরকপগে হায়বগী মখল মখা অমাম্বা থিওবি কমামরম লৈ, অদুবু হাজিক মদু লৈবগী মহুত্তা মমাম্না করম্না নুঙ লৈবগী চাং অসি হন্থহনগদগে হায়বদুগী পাম্বৈ থমদুং থডহনজরি।

## প্রভেন্সন

**ঈশিং মরীগী শরুকঃ**

মী অমনা নোংমদা থকপিগদবা ঈশিং অমমুং মহীগী চাংদি চাওমাম্না লিটর অনিদগী অহুম কাওবনি। হায়রিবসি কালেন, নিঙথমখা অমমুং হুমাংথোকপা থবক শুবগী মতুংইন্না চাংগী তোঙ-এসন লৈগনি। মহীগী শরুক মাংলবদি ইউরিন আউতপুট য়ামদে অদুনা সাতুরেসন গী চাং হেনগৎলি। অসিনা মরম ওইদুনা কোসকেট, একজালেন্ত, কেলাসমম আসনচিংবা ক্রাইস্তেল শিংসি প্রেসিপিস্তেট তৌরকই অদুগী নুঙ হায়বদু ওনথি। অদুনা মী ১মা নোংমদা মহীগী শরুক মমাং কাম্না লোগদবনি। তাইরিমা, দাইসেনত্রি ১মুং থিতম মা নামবদি মী ১মা নোংমদা দরকার ওইবা মহীগী শরুকী চং য়াম্না হেনগৎলি অদুনা ডাক্তর অমগা ডায়রগা মহীগী শরুকসি মাংডনবা থকপা তক্কৗ, হায়া হেংংদবনি।

**মপান থোকপাঃ**—অথিংবা লৈত্তনা ঈশিং চৎলিংবা মতমদা মফম চাবা মেংলগা মপান থোকপিগদবনি অমমুং মথাক থম্লোইদবনি। ঈশিং খাঙদা ঈশিংনা কুইনা তুম্মুনা লৈবগা মথাক লৈবগী চাং অমমুং ক্রাইস্তেলশিং প্রেসিপিস্তেট তৌবগী খুদোংচাবা য়াম্না লৈ অদুনা মতম অমাম্দা ঈশিং খাও 'ইম্পুতি' ওইবা থমগদবনি। মরুওইনা তুমলমদায়দা ঈশিং শেংনা চৎথোকদবনি। তুম্মিত্তৈদা ঈশিং চৎলিংলবসু থিংলোয়দবনি, অমুক হাহৌরকপা মতমদসু পথবা তৌদনা মপান থোকদবনি। 'কিদনি' অমমুং ঈশিংগী লমীদা নুঙ মরবা অতৈ লাইনা লৈরবাদ ডাক্তর অমদা মপুং-ফানা লায়েংথোকদবনি।

**এনালজোমস্‌ঃ**—হায়বদি চিকপা, মেকপা, নাবদা মমাম্না তৌয়না শিজিনবা 'এনাপরিন' শরুক য়াওবা 'মায়কেত' ডা লাইনা কংবা এসপ্রো, এনাসিন অসনচিংবা থিবাক মেক্তা লৈরগা চাবা নত্তে। কমিগুবা চাবা তারবসু মহীগী শরুক ঈশিং পিলাস অমগা লোয়মনা চাগদবনি। হায়রিবা হৌরম কয়া অসি ডাক্তা চৎপনা নুঙ লৈবগী চাং য়াম্না হন্থনবা ঙমগনি।

হিরমশিং অসি হৈম-হৈম, খ্বাং কময়া, অথিকম মথক অমমুং মতোন নাবা, মেকপা লেংবা অমমুং ঈশিং চৎপদা নাবগা লোয়মনা ঈশিংগী মদু ওন্নবদি ডাক্তর অমদা খুনা ডায়রগা ট্রিটমেন্ত তৌবদা খাইদগী চগনি। □

# Warm Welcome to Manipur

## FAMOUS FOR—

- ★ Distinctive age old cultural pattern.
- ★ Colourful people and their way of life and hospitality
- ★ Dances and Festivals all-year-round
- ★ Wonderful rock lily of Shiroy hills and different species of exotic orchids
- ★ Fishing and boating at Loktak Lake
- ★ The only natural home of Sangai (Brow-antlered deer) on Earth,

There are Tourist homes with all amenities spread over at different places of Manipur For a picnic or accommodation, please write to the Director of Tourism, Imphal for advance booking.

**Tourism Department Imphal, Manipur.**

# FAMILY  WELFARE

# PLANNING

**3**
(THREE)
THREE YEAR
SPACING BETWEEN
EACH CHILD FOR BETTER
HEALTH

**3**
(THREE)
NO MORE
AFTER THREE
CHILDREN

**33**
(THIRTY THREE)
MOTHERS OF THIRT
THREE YEARS OLD
ARE BETTER TO
CHOOSE STERILISATIO

STATE FAMILY PLANNING
BUREAU, MANIPUR

# FISH CULTURE IN PADDY-FIELDS OF MANIPUR

★ 1. Fish production in Paddy-fields saves many people of Manipur from Fish-Protein-deficiency.

★ 2. The general health of the people particularly of the villages is protected by the Fish production of paddy-fields and adjoining waters.

★ 3. The village cultivators of the Hills and Valley may still be the fish culturists preserving indegeneous species in the paddy fields for harvest along with paddy.

★ 4. Upland paddy fields of the Hills and valley are gradually brought under fish culture now-a-days in Manipur and improved methods of fish culture in paddy fields are being adopted too.

★ 5. Over ten thousand hectares of low-lying paddy land may be stocked with fishes of improved varieties of carps ( viz. I. M. C. & C. C. etc. ) for production of 500-600 kgs. per hectare easily along with paddy products.

★ 6. Fish Culture with Paddy plantation in the paddy fields has symbiotic benefits in both paddy plants and fish getting maximum substained yeild simultaneously in the same field and at the same time.

★ 7. The resources of Cultivable paddy lands for paddy-cum-pisciculture are immense in Manipur and production of both paddy and fish are well encouraged as majority takes rice and fish alike.

★ 8. The quantum of the originally produced fishes in the paddy fields over about 1 lakh hectare of paddy fields in Manipur may be estimated at 100 tones of fish producing at least 1 kg. per hectare but the same has now been reduced to nothing The same quantum of fish products may easily be compensated by introduction of fish culture in paddy fields in Manipur.

★ 9. Fish Culturists and Cultivators of the Valley and Hills of Manipur may take full advantages of the technical assistance and financial assistance under various schemes of the Fishery Department for paddy-cum-fish culture in Manipur.

★ 10. Please, therefore have a good contact with the officials of the Fishery Dept., Manipur in time for sure plan of Fish Culture in your paddy fields.

**Fishery Department,**
Government of Manipur.